অকোঁভবা :
রাধাকান্ত সিংহ,
জেলার লৈরক, ইম্ফাল ॥



অহানবা থুংলম ১৯৭৮
কপি ৫০০

মমল লুপা ৪.০০

মখুম য়েকপা। এ, একান্ত শর্মা।
ডিপ্লোমা ইন এপ্লাইড আর্টস
এণ্ড ফাইন আর্টস

লাইরিক নম্ফম—ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং বার্কস, ইম্ফাল।

# ম্নাওফম তাকপা

( শৈরেং ৩৬ )

*vyamishreneva vakyena buddhim mohayasiva me* ।
*tadekam vada nischitya yena shreyo' ahamapnoyam* ॥

**You bewilder me with confusing speech ;**
**tell me that one truth by which I may find you.**

**( III: 2 )**

**The Bhagavad Gita**

### পুঞ্জি

নংগীদমক্তনি য়েংউ,
পাক্লা শন্না শন্দোকখ্রিবা
মখল মচুগী অয়েকপা শক্তমশিং
অরেপ্পা লৈতবা মতৌ উৎতুনা
চক কয়াগী অহোংবা মমিলক'
অপিক অপিকপ অহোংবা কোঙ্গায়না
শাংগংলিবা শক্তম লোমনায়ত্রবা অমা ॥

# 'ইপাও অমা'

॥ ১ ॥

নহাক্না—

নহাক্না—

হায়বা হায়বা হায়দবা হায়বা
ঐগী ঈফমদা খেন্নবা লৈতে ।
নহাকী নরোলস্থু নহাকী ৱাখলস্থু
ঈফমদা ঈৱেপ ঈথুম্নপ্রবা ঈথকনি ।
ঐনা লৈৱিবসিনা
নহাকী ঈৱোলমুংদনি, নহাকী নথামুংদনি
নহাকী অচেৎপা মুংশি খুৎকোম্না
থাগোন চেৎপগী হিংবনি,
উরিবনি ভায়বঙনা বসন্তগী ফজবা
অনৌ অনৌবা আশাগী য়েন্নিং,
মায়থোং মায়থোংদা লৈতেং ওইবিবা
সনা মচুগী ভাঙাম্নবা মীনোক
তিংবা ঙম্নবা মঙালদা মচু
পীবীৱকপননি নংনা — — ।

## ইপাও অমা—২

নহাক্কী মীনোক্তি থৌজালগী মীনোক্কি
অচ্চুনা—, ঐনা নিঙজৈ,
ঐনা পামজবা থম্মোয়না য়াবা
ঐগী রাখলদা কাওবা ঈথিল
ঈথিল অচ্চুনা নংগী অপাম্বনি
ঈথিল অচ্চুনা নংগী নম্নোলনি ।

॥ ২ ॥

## করিস্থ লৈজত্রবা ঐগী ঈকমদা

করিস্থ লৈজত্রবা ঐগী ঈকমদা
করিবু নিঙবীছনা করি রাখলদা
চৈনাখোল কয়া লোত্তুনা
কিস্থগদোরবা নোংগী অমঙবা শক্তমছু
মায়খোংছদা মমি ভানা ভানা
অছুক চানবীবা মীৎয়েংনা ঐবু
ঐবু য়েংবীবা তাৱবা নংনা
নহাক্কী অৱাবা পোৎলুমছু
থৱদং শক্তক য়ানিংবা
শক্তক রাবা ফংহল্লু
নত্তরবদি—,
উমশিল্লীবা ঐগী ঈমিৎসিবু
নহাক্কা—, নহাক্কী মীৎরেংনা
পাংহনবীবা চুমদে,—চুমদবমকনি ;
মছু— — ;
ঐগী ঈকমদা লৌনম ওইগনি ।

## ॥ ৩ ॥

## লোম্না চৎখিবা ওম্বা

লোম্না চৎখিবা ওম্বা
চৎসমদায়দা মাগা উনদবা
— ঐনা পামই ।
ঈখুৎসে —,
হাইহুনা হায়বা রাইহে
থম্মোয়সিনা পামদে
রাখল অসিননি —
— ঐগী লম্বীদগী মাবু পুথোকখো
ভায়হাক্তদি —, শেম্নবীয়ু মাবু
ঐবু উদনবা শেম্নবীয়ু —,
শেম্নবীয়ু হায়জবদো — ॥
নত্তে ঐগী ফিজিদা য়াম্নকনি
নত্তে পায়রকনি হায়বগী মানা
রাখল অসিননি — —
তুমীম্না কমজিবা অচীকপদা কপলিবা
নখোয়গী রান্নীদা ঐনা তান্দ্রিবা ॥
অতিয়াগা মালেমগা শম্নৈ
মালেমগী ওমথৈদা মখোয়গী
মখোয়গী চিন্নোকনকমনি

অয়েকপা শক্তমনি হায়রগা
নখোয়না নোকখিবা — ।
লাল্লবা নত্তে মঙোন্দা ঐনা
লাজবস্থ নত্তে মানা কন্নাদা
পুন্সিসিননি লাল্লিবা
রাখলগী লংলা, লংজিন খুদিং পুল্লীবা
চয়েৎনরিবা খায়দোকপা ওমদ
মোল্লবা লংগী পুল্লবা লংজিনগুম ॥
খোঙ্গেলহু তামহৌহুনস্থ লেপ্পদি লৈতে
খোম্থাংনখি মুং-পাল,
পুন্সিগীদমক চেলহনখি — —
খোঙথাং কন্না অহুগা কনখৎনা ॥
কন্নিগুম্বা মীকুপ্পা মাগী খোঙ্গেলনা
নমহৎখিবা তাৱবা, ঐগী থম্মোয়,
খোঙচৎ অসি লেপ্প তায়
অনৌবা লম্বী অমগী
হৈনিংদনা থনব তায়, অনৌবা রাখল নৌনা ॥
কন্নিদি তৌগনি — —
থওই —, চৎভবদি রাত্রে
ফিভম্মা !
মতম্মা ! হায়ওমদনা হায়খি—
"লৈওমলিবন্না নংস্থ খন্নু

য়েংউ !
কোয়৾ৌনা ঐবু ভায়ে
খেঙলে খেঙলে ছায়রে
নৌয়িবী শিংভেল-ও ! পোমলিবী লৈরাং !
কেল্লমখিন্নু—,
কেল্লমখিন্নু কোয়ৌগী মৈশাদা
চোয়য়মগন্নু লৈকা, লৈকা'মফাও
মালংগী শহুমদা থম্মোয়গী লৈরাং !
হুমীৎনা চীংয়া থাংবদা —
নামীবা মুংশিং পুহুনা—
লাক্তি'ফাওবা শাংলমখো
শাংলমখোকো হাইনা হুমনা
লৈনারক্তা মৈশা খাঙনা ॥"
—রাখলসিননি ঐনা হায়রিবা
ঐগী লম্বাদগী মাবু পুথোকখো ॥
শেংলবী চমলবী মহাকী—
নৌয়বী লৈকা খুদিংদগী—
চেম্বয়মগনি ঈচেল নায়না—
চৈরমগনি খোয়শাওনা চমলবী মত্তৌনা
অশংবা লৈনাশিংবু য়েংহুনা—
"—কল্রবা লৈনাশিংসিনা
য়েংউনে—,

নংবু উহৎলিবা
খুদংগীয়ু লৈনাশিংসি
মাঙহনবীখো মখোয়বু ওয়া”
হোংবা লৈত্রবা মাগী রাকংনি ॥

রাখল অসিননি ঐনা
ওইরগেইদবা মপোকসিদা—
পাম্মু পাম্মু—
রাকা’মত্তা কাংওমদ’
অস্তুম য়েংলিবা অস্তুমক তুমিল্লা
রাখলসিদগীনি ঐনা হায়রিবা :
“—    মালেমসি পিকই
মুংশিবগী মফম লৈতে
থিগম্লু মালেমদা স্বর্গগী মুংঙায়বা
য়েংলগুমসি হায়রিবা অহাংবা অতিয়াদা
অয়েকপা শক্তমনি থন’ওমত্রবা
মীমুংশিগা লোয়ননা উ’ওমত্রবা ॥

## ॥ ৪ ॥

## চনৈমরবা য়াখল কয়াগী

চৈরেনরবা য়াখল কয়াগী
কল্লবা শাহমনা
অরাবা—কুনাংবা কয়াগী
মনিং তমলরবা মতম্সিদা—
লোন্থোকত্তবা মীওই অমত্তম
অমুম—, অঙ্গম্ক তুমিন্না—
করিগীনো ঐখোয়না কমলিবা—!
শকউ শকথেংননা— করিগীনো ঐখোয়না—
ঐখোয়না তুফক তুফায় চন্দুনা
হৈনিংবা য়াওদবা পোল্লবা শক্তমদা
অমগী মথংদা অমা—
অমগী মথংদা অমা—
লাকলিবা খুদিংনা মফম্সিদা
অরা শক্তম লাংলরিবা—!
মকা লামনা
হরাও মথোয় কানা—
পুক্নিগী হৌনশানি খন্না
নোক্নুনা লৈগদবা মতম্সিদা!
করিগীনো—?

॥ ৫ ॥

## হে অহিং !

হে অহিং !

—নংনা চংশ্রবা তুংদদি

অনৌবা পুবীং অচু খুংলররনি

চাংজৌ নায়রবা ঈপাকী গুমইথদগী

সনাগী কিরোল লৈতেংলবা ঈথক

ঈথক কয়াগা ঐগী মাঙ্গবা

নোয়া নোয়া লাকলনিঙ্গা

খৈনা খৈনা ঐগী মীৎয়েংবা।

ঐগী মীৎয়েং মীৎয়েং শুদিংদা

অনৌবা লৈকোল ওইরনি মাকেম

ইপাও কয়া কয়াসু পুরকলনি

পাওখুম কয়া কয়াসু তারনি

লোয়বা নায়রবা রাহুং কয়াগী ॥

ঈশানা ঈশাবু উজবা গুমদবা

তনিক তনিকপা লেং-লেংনবা

ঈথকী মশেক সনাগী মচুনা

শগুলররনি মচু ঈহকচাং শিন্না—

মাঙগ্রনি রাখল থম্মোয়গী অকিবা—

পুক্নিংগী চুংঙায়বা অনৌবা অয়ুক

থিংবীনবা পন্নোন অমুক লৈরয়োই

লুপলরনি রাখল মঙালগী কুম্মৈদা ॥

॥ ৬ ॥

## মহাক্না চৎখ্রবা মতুংদতা

নহাক্না চৎখ্রবা মতুংদতা
মঙাল অহু হেক হেক লাকই
তপ্পা তপ্পা থম্মোযদা অসুম
অসুম অসুম মৈশা ফাওই,
তপ্পা তপ্পা থোক্তথাংনা অসুম
অমুক থিরকই নংগী লৈফম
কোয়না কোয়না অমম্বা নংবু
নংগী নরুমদা থুপলগা থম্মোয়
থম্মোয়না ঙমই পোথাবা চীক্লা,
নহাকতগী ওইবা নতৌসিদি
ঈফমদা ওইরে লৈতাবা ঙমদবা,
কৈদা লৈবগে তাকপীয়ু 'মুক্তা
অমম্ অঙালগী অপূনবা মফমদো
নফমহুদা লৈহল্লু মতম চুপ্পা—
লৈজগে লেংদ' অহুম্বা থোজালগী—
চানবীবা মীৎয়েং খাহুদা ঐসু—
মহুনা ওইগনি অপেনবা কয়া—
মহুদা ওইগনি পুক্লিগী লমথুং ॥

## ॥ ৭ ॥
## নংনা ঈনাক্তা লৈরবদা

নংনা ঈনাক্তা লৈরবদা
ঐনা লাপ্পা লৈ— ।
নংনা লাপ্পা লৈগ্রবদা
ঐনা ননাক্তা লৈ —
মরম অসিদগী
লৈজরম্বা পুম্বা হেক্তা মাঙখি ॥

## ॥৮॥

## ওসিনু—,

ওসিস্নু—,
ওরাংস্নু—,
হৌগ্রবা মতম কয়া'মদস্নু
অহোংবা—, মান্নবা—,
শক্তম কয়া লৌহ্না
হিদেন অসিগী
লৈম্লায়শিদা—, নিংঙায়বা লৈতনা—,
—মায়থোং লৈনা থাগোন চেৎনা—
ওইনচাওবী শানৌনা—
মণাবী কনাদা
লমচৎনবগুম মুংওম্না—,
ঈচেল তপলবী— !
নংদি তমলিদো পাকলবা ঈপাক
মুংশিবা শৈশক্তা থানবা লৈতনা—
ঈতুঙনফম ওইরিদো ঈশোং নংস্নু।
কদায়কাওবা নখোয় চৎমীম্নখি—
কৈদগী নখোয় লাকমীম্নখি—
কৈদনো নখোয়গী লমথুংফম
কৈদনো নখোয়গী হৌরকফম.

থানবা লৈত্রবা—,
ঈখোং অহুগা ঈচেল—,
তাকপীয়ু ঐবু—,
কৈদগী লাকপা কৈদা পোলোয় ।
ঈখোঙসিনা য়োঁঙমত্রবা
মীৎয়েংসিনা উঙমত্রবা—
করম্বা শেংলবা মফমনো তাকপীয়ু
ঈচেল নংগী পুক্সিগী হৌফমদো—
—ওইগনি নিঙই চীকলবা মফম
শেংলমগনি নিঙই মফমতুগী য়াখল
কোয়ৌগী মঙালদা ওলাংবা লৈয়মলোই
থাজগী মঙালদা খোয়শাওবা য়াওরয়োই
ঈখৌ লাংলবা থরায় কয়াবুস্র
ঈংলবা নংগী শেংলবা ঈরিক্সা
কোকপীয়মগনি খৌয়াংবা— ।
অহুগা
চেম্বয়কপনা অস্নুম ঈতিনফম ভয়া
পাপ চেয়বা— ঈচেল কয়াপী—
ফংলবদা ঈয়াওখোল শহুম
নৈথিবনি নংগী লূয়বা ঈচেল
অহুতনা ওইথিবমি ঈচেল নংগী
অহোঙবা শক্তম ঙসিগী শক্তম

॥ ৯ ॥

## নিংশিং নিংশিংলুরগা

নিংশিং নিংশিংলুরগা
পুন্সিগী হৌত্রবা মীকুপ অমবু
অরা কোঙ্গায় লৈখিবা মতম
মতম অমা ওইখিহ্রনস্থু
নিংশিংলুবদদি পেল্লায়দে ।
ওসিগী হুংওল্লবা য়াওনসিনা
অপেনবা করিস্থু পিঙমত্রবা
মালেম কোয়না থিহ্রনস্থু
পুন্সিগী রারি, রারি— কয়া নৈনহ্রনস্থু
করিস্থু লৈতবা অহাওবা শক্তমগুম
পেন্দবগী চৈনাখোলতা মফংবা —।
হাকমল্লি, ওইজবা থিবা হেনমল্লি
করিস্থু য়াওরক্কে মথোয় মথোয়গীতা ময়েংই
( ঐগী মীৎয়েংগী রানি )
নোংমস্থু থেংনখি শক্তম অমা
অরাবা হুংওায়বা পুন্সিগী মতৌ
মতৌ অমত্তস্থু নিংশিংদনা
নোংমদোল ওানবা কৌরৌনা—
অমম্বা মশেক্তা তিনগ্রগে

তিনপ্রগে শন্না তেমশিংবৈ
উপাল রাকাল করানা—
মমি শাংবা তান্নবৈ
নোংজাবী পরেং পরেংনা
নোংচুপ অতিয়া মকোয়দা
ঙাঙান্না শিন্না লৈরিবৈ
শনরিক পরেং পরেংনা
লিকথাঙ লোন্না লৈতেংবী
য়েংলিবা মীৎয়েংনা পেন্দমতা
থম্মোয়সিনা ফংখিবৈ অরা পোত্থা
কোরৌগী মশেকলক' তান্না পাইবা
অপাবা নোংফায় মচা অমব্
খোঙলোয়ত্নুনা হায়খি ঐঙোন্দা—
"ই! নোংজাবী মচাসে! নোংজাবী মচাসে!
মুংশিদরা য়েংউ ফজদরা?
যেংউ থরায় চেক্লা অমসু
তান্না পাইরিবসি যেংউ
নোংজাবীগী মাথকৈ তন্না
য়েংউনে মালেম কোয়না
মুৎলমদায় থাউমৈগী অরোয়বা মশেক
মশেক মঙাল মচুগী কুম্মৈসে,
মখোয়গী কুম্মৈনা—

ঈশাও-মমা—১৬

অহাওবা অতিয়াগী ওমথৈ
ওমথৈ অমদগী অমদা
ঈনৌতা নৌহল্লিবা—"
—করি ! হুমিত্তুদা করি !
চৈঙাক য়াওদ্রবী উরিরৈহৎবু উবদা
চৈঙাক পীগে তেমশিংলুবা
লৈনম চাওবী শিংঙেল মাগী—
মমশিল্লকথি অমম্বদা মম্না ।
অহুম্বা হুমিত্তু য়াম্না তামখ্রে
অহুবু অস্থুক নক্না কাওওমদবা অমা
করম্না ওইরিবা ঈনৌতা নৌহুনা
নৌহৌনহল্লিবা থম্মোয়সিবু ।
পুক্নিংগী পোয়রৈতবু তম্না
ভুংইন চৎচবা মীশক অমনা
নিংবা কায়বা হায়বসিদি
ফংলিবসিনি অহোংবা শক্তম
অখন্নবা মীকুপতুদা, মচু কয়াগী কুম্মৈ
মীয়েং মীৎলৈ কয়া
থরায় চেক্লা অহুগা ভ্রাঙাম্নবা মশেকলক্তা
মীরেল কয়া তিনখিবা
মীৎয়েং কয়ানা খোম্থাং য়ৈখি
মায়কৈ তয়া অহুগা থম্মোয় শিন্না

মীয়েল অনি হকলোয়নথি—
হাওলবা ওসিগী মনবা অতিয়াসিদা—
ওসিম্থু থোকলি—
নোংজাবী কয়া তাম্না নক্না—
অত্থবু য়াওরক্তে
চুমীত্থুগী নোংক্বাই পারবা নোংজবীত্ত
নোংজাবী অপাকত্থদি ।

॥ ১০ ॥

## পাওথুম ফংলোয়দবা নফমদা

পাওথুম ফংলোয়দবা নফমদা
রাহং অমুক হংলরোই
অয়েস্বা তারবা রাহং কম্না
মুংঙায়থোকপা হৈত্রবা নকমদা
— — — — — — — ।

থম্মোয় নংনা করিগুম্বা
ঐগী-মক্তা ওইরবদি
পাওথুম অমুক পামলগনু
লোনথোক্তবী মকাদগী
— — — — — ।

য়েংগে হায়না থল্লুরনু
মকলবা অতিয়াগী মায়থোঙসি
নোংজু ঈপাম্থাসি লোয়প্রগা
শোয়দনা লাকপা য়াই পুত্না
অনৌবা আশাগী য়েন্নিং হায়বন্থু।
— — — — — — — ।

মতমত্থদা হংলসি ওয়মক
য়েংলসি পেন্না মকা লাম্বন্থু ।

॥ ১১ ॥

## ইমা ! ( সিগীদমক মাওবন্না ? )

ইমা ! ( সিগীদমক নত্তবন্না ? )
নিংজরিবা নংবু শকউত্রবস্থ
নংগী মন্দিরদবু লাকলবদি
ওয়দে তায়বগুনা হেদোয়বা ।
থৌজালগী ঈংলবা শকতমশিংনা
অচৌ পীশক খায়দনা
ওক নোল্লরিবা মফমসিদা
পুন্সিগী ওইনা তোল্লবদা
পীনবীয় চংজফম ॥

## ॥ ১২ ॥

## খণ্ডনে !

খণ্ডনে !
কনাবু লৈবনো
　　　য়ুম অসিগী ময়ুংদা
পাওদমগে লাকনগা
ইপাওদি তমঙমদা
ইরাল কয়াবু খুৎথেক পারিবৈ
য়াকা অমত্তসু কাওবা ওমদবা
কনাবু লৈবনো
　　　য়ুম অসিগী ময়ুংদা ?
চয়লবা থম্মোয়, থম্মোয়সিবু
লালহনবা ওম্বা
কনাবু লৈবনো
　　　য়ুম অসিগী ময়ুংদা ?

॥ ১৩ ॥

## মণ্ড মঙলশী

মণ্ড মঙলশী
ইমিংসি পাঙনা পাঙনা
অয়েবদা রারশী
থম্মোয়সিনা লোম্না লোম্না ।
মিংসি কুপ্পা কাঙবমথৈ
য়েংহনা লৈরম্মা মিংয়েংসিনা
লেপ্পা লেপ্পা মঙলান কয়া
মঙহনা লৈরম্মা— ।
অহবু—
থৌদাংসিনা হৌদোকলম্মা
মীকপ থোক্লো মুংঙায়বা মঙহ,
মতমহুদা চৎথি খঙহৌদনা
ধুমকেতুগুম, মুইরবা শক্তমদা
সনাগী হিরেন মায়া,
মীৎকুপ্তুদা পাইথোকথি
মৈশা লাংলবা
ঐবু থাদোকলম্লগা
ভিনথি মনিংতম্মা
পাইথি অহাংবদা ॥

। ১৪ ।

## লোথোকউ—

লোথোকউ—

পামদবা নংনা—

লোথোকউ খোরদাদবা কোঙ্গোয়

মাংসন্নু লৈজবা—

ঐগী ওন্নমক —

নংগীনি -,

নংগীনি পামত্রবন্নু— ।

পোস্বীশিংনা অক্লাদা—

শিন্থরিবা পিরাংসিন্ন

নংগীনি—

নংগীদমকনি ।

অচিকপা অহিংনা

পিরিবা মৈচাকসিন্নু

নংগীনি—

অচিকপসিনা মৈচাকসিবু

পীরমত্রবা —

হেন্না চিকপা ওইরমগনি

অচিকপা হায়রবমক খঙলমগনি ॥

## ॥ ১৫ ॥

## লায়রবা ওইবনা

লায়রবা ওইবনা
লৈজবা য়াংপনা
মচু মচুগী লায়য়েক্লবা পোংলমহু
মোংলবা লৈমায়সিদা—
য়াই তৈজহনা
খুদোম্বী অসিনা
টুরি ওইনা
শক্তম কয়া
য়েকচৈ ঐনা
অহুবু মাওথি
কংহনা অরেম্বদা
অয়েকপা শক্তমহু—
উফুল ওনথি—
অচং অওকী—
খুয়া উফুল ॥

## । ১৬ ।

## য়াহৈসিতং হায়নিংই মরূপ

য়াহৈসিতং হায়নিংই মরূপ
মহাক্তা, মহাক্তী মনাক্তা লেপলিভৈ
নোংমা অরাংবা আশাগী চীংতুদা
হুমলকখিবা মালং
ইয়াং থাংবা মালংগী শহুমনভৈ
মুংশিবনা লুমলবা
নোকমী নোকমী লুককপা মায়থোং
পুঙমদবা উৎতুনা
থিন্দ্রুনা তাকখিবা
আশাগীতা ওইবা মুংশি শংলেন্দ্র
য়েংখি য়েংখিবদা
চীংখোং চীংয়াদা
অতিয়া তমনা কাহৌবা মৈথুদো
অহুগা—
চায়না চায়না তাহৌবা থুঙংশিংদো
ওসিদি ওইরকলি হয়া হয়া—
চাংদম্নফম খওদ যজবা দৃস্য
মাগা ঐগা তাখিবা ঈশৈ
ঈশৈ অহুতনা ঈশৈ ওইরি

ইকমদা ওল্লিদি—

মাইহেম্বিতং হায়রনিংই মরূপ

মাখলহুতা থম্মীংই ঐনা

মফমত্তুদা চংলগা

ফংগদবোই নিংই

অমম্বনা কুপশিনবা ওমত্রবা মঙালত্তু

মঙাল অত্তুনা অমম্বা মরকসিদা

ইমীংসি উইশিল্লবস্তু

মফমত্তুদি মমদে ওান্দ্রুনতা উই ।

॥ ১৬ ॥

## নশাবু কনজবা ঙম্নবা ঃ

নশাবু কনজবা ঙম্নবা ঃ
অরাবতা— মালংবা নংনা
লৈতাহন্দবতা – খোয়শাওবতা—'
ঙম্না ঙম্না মথং মথং পীরগা করি
করিনো নংনা ইফমদগী পামলিবা,
—খঙহনল্লু অপাম্বত্তু ॥

X X X X X X

হুম্মু খোন্না লৈজবা নংৌনা উৎলু ননিংনি
তুশোল্লবা ঐগী লৈঙবা খুদিং হুমখো তুমনা
উৎলম্বা তৌদনা হেগানবা মীনেক্তু হুওইনবা নচৎতু
হাংলবা অতিয়া অসিগী মথাদা খাংগনি ইরালগী ॥
ঙাকপীরী নংগী লংজখ্রবা নরাল কয়ারক হন্না
ইংনা চিকনা হিংজবা ঙম্নবা কনজনবা নশাবু।
করিগুম্বা ঐগী অশাউবা মীকুপতা পোকখায়রকপা খোকলদি—
অশি-য়াকাবুং ওইরনি খনবনা—তুমিন্না লৈবনি
কুইরবনি তুমিন্না খাওত্থনা লৈরকপা—লংজগম্নু ঈফমদা
খওইদবা উৎতুনা ঙাকলিবনি ওসিম্নু খঙসম্নু খঙনা—
অশাউবা হায়বসি মাঙনবগী মশকনি হায়বা রাখলদা
ঙাকলিবনি নংবু — ॥

॥ ১৭ ॥

## মহাকপু উরবদি নংগী মাঙদদি

মহাকপু উরবদি নংগী মাঙদদি
রাহৈ অমত্তা হায়বা থোক্কে
রাখল অমত্তা খনবা ঙমদে
পাপ চেন্দ্রবা মীশক অমগুম
পাপকী রাখল লোইনা মাঙখি
পাপকী র.হৈ লৌনম্বা অমফাও,
চম্লবা নরাহৈ অমত্তদা
মক্লবা শক্তম রাখল পুম্বা
ঐগা অস্থম অস্থম লাপহল্লি।
পুন্সি চুপ্পা নংগী মাঙদা
থরায় হকচাং অমত্তা ওইনা—
করিগুম্বা ঐনা কৎচবা ঙমলবা—
অত্থদা নংনা নোকমি নোকমি—
চানবি মীৎয়েংদা সুম্মা য়েংবীরবা—
কয়াদা শেংগবা ঐগী পুন্সি।
হোংবা লৈত্রবা চানবীহৈবা শক্তমদো
লেপ্তনা মীতাহন থম্মোয় অসিদা—
নংগী পুক্তাগী খুংশিরবা লৈনমলক
লৈমন চনবগী অরাবা য়াওদা

পুন্সি চুপ্পা লৈবা ওয়গনি—
হুৎশিনবা মিনোক্তুম্মী মিৎয়েংথানা—
শিয়জরবদি লৈজবা পুম্বা—
ইরাল পুম্বা কোক্লোইত্রা
অহুদস্থ অস্থম্বক লানথিত্রা—
নংগী নাক্তা লৈরবা ফাওবদা।

## ॥ ১৮ ॥

## ইপুদি অসিনা লোয়বা মতমদা

ইপুজি অসিনা লোয়বা মতমদা
মঙলিবা মঙসে মীৎকপ থোক্লনি।
অকিবা মঙলানসিদগী— ঐবু
তানবা অমুক হৌদোকপীদ্রে
ঈদোম তরুক খাংভমদনা
কপ্লতনা ঈথৌদাং ওইনি খন্দুনো
চান্নবা মীওই কনানা— অমুক
থম্মোয়গী রাহে থম্মোয়দা তম্লক্রে
নিংঙায় চাওরবা—ঐগী থম্মোয়দা।
শকতম ঙম্না লোঙ্খোকতবশা'—
মঙলৈবাক অসিদা— উরিবা খুদিঙ
অয়েকপা শকুমগুম হোংবা লৈতে
নায়তোম তারকলে ঈপাং লৈতে
খোঙথাং খুদিং খুদেং থিবা—
লম্মুকনরে চৎফম খঙদ—
য়াম্না তোয়না, তোয়না তোয়না—।
হকচাংগী থৌনা ঙম্লা লোয়খরে
খুদোংথিরবা লানফমসিদা—
চোকথরবা থরায়সিনা—

পুন্সিগী পম্বুং নংতবু ঙায়রি।
মঙলান অসিবু মঙদবস্তু ঙমদে—
অকিবা অসিবু থাদোকপস্তু ঙমদে,
মীৎকপ থোকগল্লো— য়াহিপসিনগী ঐবু
মত্থনা কোক্লনি অকিবা থুদিঙ
তমথিরবা শক্তম কয়ানা লাকহৎত্রিঙৈ
থৌজাল হৈবা পুন্সিবু শেম্বীবা— ।
নিংথিরবা লম্বী ওইরবস্তু লম্বুক্লরবা লম্বীসিদা—
খঙজবা ঙমদে উনা উনা কয়ম্বা মায়কৈদা চংকদগে—
ঈরালনা থল্লবা মীশক ঐদি
চংজফম থিবা খঙদ্রে,
অচুম্বগী মন্দির অমত্তস্তু—
থোঙ হাংবীরমদে চংজফম —
লক্লদুনা মীপুম তিংনা—
অঙাও-চুহনবীরে হুন্ন হুন্না,
মতম অসিস্তু থেংজিল্লকলে —
মঙাল অসিস্তু চায়শিল্লকলে—
পাংলবস্তু উরক্রে, মীৎসি—
অমুক্তংদি থুংনিংহৈদা —
ইথৌ লাংনা থিরকলিবা
পম্বুংত্থু হেক য়ৌরবদা
ঈশ্বরবস্তু পুন্সি ঈচেল ॥

## ॥ ১৭ ॥

## চাওরবা পুন্সিগী রারি কয়াদা

চাওরবা পুন্সিগী রারি কয়াদা—
পীক্লবা ঐগী ইপাও তমজরুই
ঙমনা তারে ওইদবা ইপাউ
নোংমদি ওইখি খোয়থুম্ররবা রারি
লোয়বা লৈত্রবা রারি অমা
ঙসিদি পেল্লে নোকপা কপ্পা
ফজরবা রারিগী নিংথিজবা ঙম্না—
চৈনা ফংলবা পুন্সিসিমগী রারিদো—
থোয়না হেন্না মৈচাক হাপলে
য়েংলরোই অমুক ঈখেঙ তৈরবা
খুংশি হৈত্রবা মাওইবগী রারি।
লেমহৌরবা পুন্সিগী লামায়দি
রারি অমত্তা ইররোয় অমুক
মীওইবগী রারি অমত্তগী মমি
তাহল্লরোই পুন্সিগী হাংলবা লামায়দা
মসিনা অস্থম তাকলসন্নু—
অতোনবা মীগীদি রারি লৈতে
অতোনবা মীগীদি রারি লৈতে।
থম্বা লৈত্রবা মীৎকি পীনা —

## ঈশ্বর মনা—৩২

ঈহৌ নায়বা ঈশ্বর মনা—
অরাবগী চৈনাখোল খুদিংদা
ঈচেল নাইনা শিন্থরিবা অসিনা
অসুম্বক ওইসনু পুন্সিগী রাম্নি।
তোল্লবনিংগী পুন্সি চাম্ম চাম্মনা
শিন্না শিন্না তমসনু মপাও
লেপ্পা লৈতনা থম্মোয় খুদিংদা
রাহৈ অমত্তা য়াওত্রবনু—।
অতোনবা মীগীদি রারি লৈতে
মায়য়োক্নবা ওমত্রবা চৈনাখোল্লক্লা—
রাম্নি অমত্তং লিনিংলবা
ফাগ্রসনু লৈয়েং খুদিঙ্
লোম্থোক্কবা উগুম রাগুম।
মখোয়গী অরাবা পোংলুমতনা
চীংগী মতৌগুম পৈরক্কলবা
পোকখায়রসনু মৈগী চীংগুম
কনানা অমুক থোনগৎপা ওমদ
ওইহনরোংদবা রাহৈসিনা
ওইরগে ঐহাক্কী
অরোইবা পাউদম পুন্সি অসিগী—।

॥ ২০ ॥

## ওলাংথাগী কল্লবা মৈশাদা

ওলাংথাগী কল্লবা মৈশাদা
ঈখৌ লাংলবী মৈচাক্লবী—
মালেম লৈমনা মোংলবা উফুল
চায়না চায়না,
পাওদমখি মালংদা অরাবা ররি
মায়কৈ শিন্না হুমলু পাওমেনখি
অহাংবা নোংদোন্দা— !
রোয়লাও রাপলদা শাওরংনবা রাঙাংদা—
শাওবনা মদোম কপলবী শানৌগুম—
খাংঙমদ রাথলদ মোংলবা ফিজোল
লৈতেংলবী লায়রবী কনাগী পলেমগুম
নোংদোন্দা ওনুনা মালেম ঈমানা—
রাকংলি পেনবা রাকং চান্মা—
অরা-রাথলদা কপচৈ তুমিন
চীকলবা অহিংদা লায়রবী কনানা:
লাম্বনা কপলবা — মচাবু থেবদা
মপুক হাপলরা খোমলাং ইন্দুনা
থম্মোয়বী খুংশিবজনা য়োকে নিংহুনা—
রোয়রা নায়রবা রাথল থন্দুনা

কিজিনা খুমহুনা কশলবী মায়খোংনা—
হায়দোকুনা য়েংলগা পাওমেল পীবগুম
"ঈমা লৈরিয়ে" "ঈমা লৈরিয়ে"
মরু কোকলবা লৈত্তেং য়াওব্রবা
পামেলশিংদা ঈমা মহোশা লাইয়েৎনী—
খোমলাং ইল্লিবোই অহিংগী লিক্লানা
লোম্না লাকুনা অমম্বা অহিংদা।
অদুবু— ঈমা।
চীনগনবীনি হায়বা য়াথন্দা শাওহুনা
কনাগুম্বা মীওইনা মথোনা থোকমা—
মতাম্লোয় কনাবু অয়ানবা শিবীবগুম
চৈফু কয়ানা চৈয়াক পিবগুম
লাকলবদি নোংজু লংথয়নি ত্রজ
থাক লাউহুনা অশাওবা উৎতুনা
কুপলনি মালেম লংলবা ঈপাক্পা
—অরাবনি— !
তায়বঙ জিববু য়োকলিবী ঈমা—
তুমীম লৈপ্রনি মতমহুদা নংদি
ঈয়োলম্নুংদা কনাবু য়েংদনা
মতমহুদা ঈমা নংনদি উরম্মোই
মাজংনা হুমখি অকনবা শহুমদা
তোয়না তোয়না

[illegible]

উপাল রাপাল মরু থুম্রা —।

[illegible] ঈমা থাংজমদা শঙমনা –

অকনবা নোংহৌগী ভমথিবা শয়োদা— ।

নহাকী অরাবসি অসেংবনি ঈমা

নংগী মীৎনুদা পীরাং উবদা –

কন্নিন্থ থঙদনা কপখি ঈমা —

অকি-রাখলদা ।

॥ ২৮ ॥

## লৈজবা খুদিঙসে নঙোন্দা পীরবদি

লৈজবা খুদিঙসে নঙোন্দা পীরবদি
য়ামখিদরে, য়ামখিদরেদকো—
নংনদি করিস্ত হায়দবা—
য়ামই য়ামদে করিস্ত হায়দবা—
অরোইবদদি—
ঐগীনি হায়বা করিস্ত লৈরক্কবা মতমদদি
থরায় অসিস্ত লৌশিল্লুকো—
মহাকনি—থরায় মহাকতননি
লৈজবা পুম্বা পীজনিংবা
মতম খুদিঙদা।
ম্রাজবনা লৈতাদবা মাবু লৌশিল্লু
তিলহল্লুকো—
অরা মুংঙায় থোদাং খুদিংদা—
চানবীরীবা থম্মোয়দুদা—
মাগী পম্বুং ওইহল্লু—
পীনিংঙায় অমুক লৈত্রবদা॥

## ॥ ২২ ॥

## মচুনা ঐগী তানিংবা ৱারিনি

নহাকী ৱাইদগী চেকশিনবা মফম
নংগী কৈজবা পুক্ষ 'মফম
নংগী অরোনবা মফমদু কৈদো ?
লিরি হুম্বা হুংশিংকী শহমদা—
লোয়া লোয়া মুংঙায়রবা ওম্বা
মুংশি কৈনয়া চুহনা 'কৈনা
কোংঙমদ' রাখলনা কপু না 'কৈবা
য়াম্বা চেকশিনবা অরোনবা 'মফমদো
মফমদো ঐগী মঙগী মঙময়ম্মনি ।
লোয়বা নায়রবা মচু মঙালগী—
ঊধক ঊপোয়া ভস্তনা থেংবা
লেংঅবা নংগী—অরা মুংঙাইদো
থঙনিঙই ঐহাক থঙনিঙবনা রাহল্লি
কৈতাবা ওমদ' থিনিঙই নংবু ।
খোরমুশিংনা ওংনা, 'ওংনা পানরগা—
কৈকোলগী কৈরাং কয়া কয়া—
কৈহি চুপ্পা 'ঊরগা নংনা—
নংগী থম্মোয়দা থমবা রাখল
থোংম্মোবা 'মীৎয়েং' নিঙশিংবা কয়া—

উহন্নু ঐবু ঙম্মক রাত্ত'
অমত্তা চিথদ' লিয়ু চীক্লা—
মহু ঐগী পামজবা ঈশৈনি,
মহুনা ঐগী তানীঙবা রাগ্নীনি ॥
ঈচীক হুল্লবা অহিংগী থানিল
'নান্নভোম তারবা থাজবু উরগা
থাজগী মঙালদা খনখিবা নংনা
মালংদা তিনখিবা কনা তাদবা
অরোনবা রাখলদো ঐনা খল্লি
মহু ওইগনি অচৌবা রাগ্নী
য়াম্না চাওবা পুন্সিগী রারি ॥
অহিং অহিংদা মীকপ থোকহনবা—
য়াহিপ য়াহিপকী মীৎয়েং খুদিংদা
রাখলগী ফিজোল কয়া শেত্তুনা—
চংলিবা মফমহু উরিবা লৈকোলহু
অরাংবা চীংদোল ফুরা-দলান
মনি মুক্তা – থরানগী—ফিজং
মেংলবা মঙাল চীকলবা মফম
মফমহুদনি ঐনা নহাকপু ঙাম্নরিবা।
থশ্মোয়দা ওমলিবা মৈচাকী-মৈথুনা—
মালংগী শহুম অমত্তা ফন্দ'
নোংমদোল ভম্না কাবা ঙম্না

অহুঙবা মকমহুদা ভায়হাকী নত্তবা
পুজিগী ওইনা লৈজরা পুম্বা—
পুন্না লাকনিঙই নংগী নাক্তা—
মকমহুদনি ঐনা খুৎশমনা চংনিঙবা
লোয়বা নায়ত্রবা থম্মোয়গী ইপাও
ইপাও কয়া— কয়াসি তমনিংবা ।

॥ ২৩ ॥

## ইপাপনা থন্নবা পুন্সিনি খঙলক্লে

ইপাপনা থন্নবা পুন্সিনি খঙলক্লে
লংশিন্নমলে ইরাল কোক্লরোইদ কয়া—
মহাক্কী মায়ম্নোক্তলা—।
ফংলবস্থু নংগী মন্দিরদা শক্তম
ইপাপতনা ফাওবা লৈয়েং অসিনা
থোকলরোই খংপা নংগী কোলোয়
খঙলবগুম ফাওরক্লে খৌরাংল থম্মোয়না
—নংবু থিবদা—
হোংলগে নিংলক্লে পুন্সিগী শক্তম
অনৌবা ফিজোল ॥
মৈচাক ফংলবা থম্মোয় অসি
ইংলরোই ঙসি
মুংলরোই মৈচাক তায়বঙসিগী—
হিংলিডৈ পুন্সিনা
ঐগুম ঐনা—;
থিকলবস্থু নংনা ইংলবা লায়জ
লোম্না লোম্না—
ফুংশি মীৎয়েংদা—
হিংসমু থম্না চানবীহৈবা থম্মোয়না ॥

লেপত্রে রাখলদি খিংবা ওমল,
অনৌবা মপোকী
করম্বা শকুমলা চংগনি নকাঙ্গা
শকচরবা নওন ঈনিং ভমনা ॥
হায়য়ুনে —,
ওইসনু মওলান্দা—
লাক্নুনা নংনা—
করম্বা মথলগী শকম লৌহুনা
ফংগনি করম্মা তিনজবা নকাদা- ॥
তাকপীয়ুনে—,
অরোনবা লায়নিংঙ্গো—
হৌগ্রবা পুন্সিগী লংজগ্রবা ইপাপগু
নিংশিংবা লৈতবা
মীতোপ অমওম ঊনবা লম্বীলো,
—মচুতংদা থাজৈ -
থম্মোয়গী ঈচাওসি তিনবা ওমগনি
নংগী ঈপাক্তা—॥
শরৎকী থানিলনা ওানবা অহিংগুম—
ওানগনি থম্মোয়জুও
নোংহৌগী অকিবা নিংশিংবা লৈতনা
য়েংজবা ফংলমনি

## ॥ ২৪ ॥

## "চোংথবা ঙাচফি চাওই"

"চোংখিবা ঙাচফি চাওই"
ইনখিনবীগনা হায়—
"মায়ইকয় ঐগনা চোংখিরক্লি"
অদুগ—
কাঙ্গমময়াদগী ইনখিনবীদু
হেক্তা হায়রকই—
"মতৌথিনা লাকচখিদা—
ময়ায়বক্তু লৈরম্বোয়দো—"।
লাকলিবা খুদিঙনা হংই
"অতেনবা মীকুপতুদা কয়া—
হৈশিংলবা ঙাচনা চোংখ্রিবা
লানঙম পজেং ফংখ্রিবা" ।
অদুবু—
পাওখুম পিখি থম্মোয়দগী থম্মোয়দা
মায়থিরবী ইনজিংবীচনা
ঙাচবু ফাহৌদবগী—
কদায় য়ৌনা ফুংনাংলিবা
মশাবু মশানা কাওজবমখৈ ।

## ॥ ২৫ ॥

## চুমলে নিংছুনা থম্মোয় য়াওনা

চুমলে নিংছুনা থম্মোয় য়াওনা—
থাজবা পুম্বা শিন্নকই নকমদা
মথংগী মীকুপ্তা লাল্লমই অনিংবহ্
মঙাল ওইনা নংবু থোয়দাকই—
নংনতা পীয়মই ইকমদা অমম্বা ।

॥ ২৬ ॥

## ঐখোয় থাদোক্নরম্বসি

ঐখোয় থাদোক্নরম্বসি
খুংকা খুংকা শম্নরিবা অসি ॥
নংগী খুংতা ঐগী খুং—
খুংশম্নবা অম্বুম পরেং শানা
শম্নহুনা চংলসি খোংনা নৌনা
ঐখোয় পুম্বা শম্নহুনা
অমগী মথংদা মথং মথং ॥
শক্লিবা ঈশৈগী বসন্ত তাম্বাসি—
পুরসি অম্বুম ঐখোয়গী খোঙদা
চংলসি ঐখোয় ঈশৈ শক্নুনা ॥
হুমাং চোংলবা খুংসি তৈথোক্নবা
মীকুপ থরা খুংশম্নব্রবম্বু
অতুবু ঐখোয় থানগুমসি
থম্মোয় থম্মোয় নক্নহনসি ॥
পুহুনা লাকসি লৈমত্তম্বু—
ইখুংনা নখুংনা অম্বুগা শেমসি
নাচোম মথল লেংসি লৈপরেং
মথল মচু কয়া করাগী
ঐখোয় ময়াম পরেং লেংসি—
ভংপা লৈত্রবা পরেং কোয়না

## ইশাগী অমা—৫৬

হুংশিবা হায়রা ভুংনাইত্রবা লংলানা
থম্মোয় থম্মোয় চান্না চীন্না—
লেংসি পয়েং তংপা নায়ন'
অহুগা ঐখোয় চংসি পুন্না
তাম্বা অসি খোঙদা পুক্কুনা
ঈশৈ অসি চীন্দা শক্তনা
মতমসি বসন্তান কনাস্ত 'কনানা
করিস্ত্ হায়রোই।
ঐখোয় পুন্‌শি অমত্তা ওইনা
হুংশি লংলানা পুন্দুনা শেমসি
থোংলবা থম্মোয়গী অপুনবা শক্তম
শাসি রারি— থিংসি অচুম্বা
ঐখোয় পুন্না রাখল থনসি
থুরবা মীৎসিনা য়েংসি কোয়না
পাকচাওরবা পাং ভরেল
অরাপ্পা অনকপা অনিগী খেন্নবা
ফজবা থুদিঙ পুন্না রেংসি॥

॥ ২৭ ॥

## লাংলবা খোঞ্জেলনা অয়েৎপা পীরমই

লাংলবা খোঞ্জেলনা অয়েৎপা পীরমই
খাংনা খাংনা খাংঙম লৈঙমদ
করিগীনো করিননো হায়ঙম তমঙমদ
য়ানা লেল্লমই হৈনিংলক্কবা মীকুপ্তা।
লেপলমই খোয়াংনা ভোর্ব্বান অমদা
পুন্সিগী ছিরোয় কনাবু ঙায়রিবৈ
লংলবা ঈপাক্কা মহি চেল্লবা
লুপা সমুদ্রগুম ইরং ইরং
থকহল্লমই ইমীৎপু খোয়াংনা ঙায়বদা
পাকলবা ঈপাকথক জগোয় শাহ্না
খোঙনেৎননা শায়রমই খোঙনেম্বী ঈপোমমা
লিরি লিরিবা নামীবগী শহুমদা,
লাকপ লৈতে ঙায়রিব ন দি
উমশিন্দুনা ইমীৎনা পোখাবসু ঙমজদে
করিগুম্বা মীকুপ্তা উজবা ফংদনা
ঐবুসু উবীদা চৎপিথিনী খনবদা
মীৎকুপ অমত্তা মীৎয়েং অসিসু
লৈথোকপা ঙমলমদে থয়া থয়া
ইশানা ইশাবু থাজবা পুম্বা

## ইপাও অমা—৪৮

লোয়না মাংলকলে থৌনা পুম্বা
ইখৌ লাংবনা অসুম হেন্নকচৈ
লাকলোগবা নহাকপু পুক্নিবু লানথীগ্নৌ।
ওয়রি নংবু লেপ্পা লৈতনা।

॥ ২৮ ॥

## পাওখোং অমুক চৎলগনু পুন্সি

পাওখোং অমুক চৎলগনু পুন্সি
কোংবা ওমজবা পাওখোং অমুক
চৎলগনু ইকমদা মায়থিবা পীজনবা
ইশাগী পাওখোংদা ইশানা ইশাবু ॥
ইথৌ লাংনবা পোংলুম হেন্নবা
চিংলগনু অমুক নকশিনবা ওমজবা
খোয়দাবা শক্তমগা মীৎয়েংগী লম্বীগা
অনিগী লংদায়দা থমনবা থম্মোয়বু ॥

## ॥ ২৭ ॥

## শাংলবা ঃ

শাংলবা—
থমনায়রবা—,
তায়বঙ মঙালগী—
অমম অঙালদা
মীৎয়েংনবা ঙমত্রবা
মশেক মঙাল ওইনা লৈবা
উপ্রবঙুম কাওয়েনে নংবু তনৌবা
অহুবু—,
মীৎয়েংদগী মাংথ্রেনে অমম্বা অহিংদা
অপাইবা থন্নানগুম, অথুবা মীকুপম্নুং
উথিবা নংগী মীতংজবা শক্তমবু
থিরিবা থম্মোয়না ফংবা লৈত
ওইথোক্লরোইকো নংবু ফংবা
চৎনবী থৌদাং পুন্সি মীকুপম্নুং
খঙনা খঙনা অম্নম নিংজবা—
ইমীৎসিনা পাংবা নম্রগা পাংদবা—
পাংহনস্থ থাজত্রে নংবু অমুক
উজবা ফংগনি হায়নবি—
লৈরি খঙজনা চুংশেলগী মাংমদা

মাহৈ চাগ্না থোক্লল ময়োক
অয়াবা উমুল নকোকথক্লা চাইহনা
অগোম শাম্বিবী তিংখংলক্লা
নোকলুই মদীগুম তিংলবা থম্মোয়না
মোমোম নোকপা মীকুপ্তং উখিবদা
    অয়াবা শক্তমহ য়েংনা য়েংনা
    অহবু শিজমলে মীংজুহৃদি পিয়াংনা—
নহাকপু— নংগীদমক্তা—
কম্বিনবো — কম্বিনবো—
শিশুরিবা পিয়াংহ তৈথোকচবা ফংগবা,
কংলবা নংগী চিনবান্দা—
থুংশাশিংনা শোকচহনা
লায়জ ঈশিং থুয়া অমত্তং
থম্মোয় পেম্না পীথকপা ওমগদবা
ওমত্ত্রেদকো নকচবা নংগী নাক্তা
অয়াবা মমিনা মৈচাক্লয়ে তাক্লিবী
শমলাংলক্তা থুংশা থুম্না—
ঈংলবা থম্মোয়গী মরুম থুম্না
করম্না পিগুমগানি অম্বিংবা নকমদা
ওইয়ঙ্গোইকো— মপোকসিদা—
ইয়াল লংজবা নত্তনদি
পুন্সি বসন্তগী থামৈদা শাংগী ॥

॥ ৩০ ॥

## লানবাও অমা থুংলরে

লাওবাও অমা থুংলরে
পুজিনী মায়োক্তা শিংনবা
কনাবুদু নংজরবা লৈতনা
অহুম তুমীয়া লৈবক্সিদা
উপাল অমগুম চম্না,
ঊক ফংনা কুক্তোকুনা
হমদংপিগে থাদবোই মীওইবা।

॥ ৩১ ॥

## চোকথরকলবা মীকুপ অহুদা

চোকথরকলবা মীকুপ অহুদা,
রাখিবনা— য়ায়া রাখি।
য়োগে নিংবা খাংপোক্তি য়োরে
লংথে ঐনা ঈহকচাং অসি
মীকুপ থরদং পোৎথাসমু খল্লা
থোঙ খুৎ হকচাং ওমনা—
নিংঙায়বা লৈতনা চিকনা পোৎথায়
হকচাংগী কাম্লাৎ ওয়া চিকশিনগ্রে
লেংবা ওৎপা ওয়া লেমগ্রে॥
ফংওমগ্রবা কয়া ফংলবা তত্তনা
হয়াও রাখল মীতায়মই মায়থোং
মোখোন মীনোক্কী ঈথক অমনা—
খন্দোকলমই মায়থোং শিল্লা—
শেংলবা ঐগী পোখারবা থম্মোয়না—
নকশিল্লবা হোৎনয়মই ঐগী ঈথাদা
চেৎনা কোনশিল্লমই অপেনবা খুৎকোন্দা
ঈশাগী ঈখুৎনা ঈশাব্ পুল্লুমা।
লেংঙম-শাঙমদ লুমলবা থোদাংনা
নল্লিবা কোকশিনা অম্নাবা কোল্লায়

মায়পুনবরাই ভুমীন কনাবু নিংশিংস
শংত্রিক য়েংলমই— কনাবু উদনা
মরম খঙদনা য়াখল খল্লমই
মল্লবা ঐপী লায়র খাঙপোকী
উরা হুমদাং য়েংনা য়েংনা
মায়কৈ খুদিংদগী শৌরবা ভেয়াশিং
মশীং নায়দনা পায়শিল্লমই ইকাতম—
কয়া অমনা য়ুংলমই থুয়া—
কয়া অমনা—তেকতুনা তারমই
তেমশিংনবা কয়া অশোনবা শাফুদা
পাইরকপা লিশিং তারমই চোয়না—
লেঙলু-লেঙলুবা য়ুপল্লমই অস্থম—
কনানস্থ চংহুনা চৈনাবু কোকপীখিদে
অহুনা লোংলমদে ভুমীম য়াহিপতু
চৈনা যংলবা ঙাওচংনরবা থম্মোয়না
কনাদা করিস্থ পাওদম্বা তৌদনা
মপান থোকপা ওমজদবা মতৌদা
মপুক তম্রবা পীগী ঈচেলনা—
পম্থুং খঙদনা তপা চেস্বককথি—
মকলবা মায়থোংবু চামগে নিংনা
থেকনা থোয়না ঈচেল নায়না
লোয়া—শিহ্থি কনাস্থ তাকনা ॥

॥ ৩২ ॥

## ঐরী রাখলদি

ঐরী রাখলদি—
থম্মোয়না পামজবা চম্‌লবা খুদোল
খুদোলসিতনি পিগে নিংবা
নংনা তাম্না লৈরবস্থ
রাখলনা শাগৎলুবা নংগী শক্তম
শক্তমসিগী থুরাখাদা
ওক নোম্না থম্মোয় শেংনা
মাংবা লৈতবা থম্মোয়দগী
নিংজবা রাখল ওয়মক্ক অসি
পুন্সিগী মীকুপ খুদিং
নংগী থোজাল মশক খঙনা
থম্মোয়গী লৈজবা কৎপা ওন্বা
নংনা যাম্না তাম্না লৈরবস্থ
অরাংবা কোক্তোন্দা লৈরবস্থ
নখুয়া অহুদি লেপ্তনা নেৎপীয়্
তোল্লবগী নিংশিং ফুরাথক্তা
কাওজরোই মক্তুবা চানবীহৈবা শক্ত মহু ॥

## ॥ ৩৩ ॥

## শকখঙদবা !

শকখঙদবা !
রাহৈ অমত্তবু লৌনম তৌহ্না
নংগী নকমদা হায়গে নিংলবদি
থিংইনে ঐবু কনানমো খঙদে
অহ্না ঐনা অপাংবগুম অস্নম
রাহৈ অমত্তা হায়বা হৈতে
ঈতোমতনা ককচৈ ঐহাক্কী রাহৈ
ইদোম পেন্দে হায়দবস্থু ওমদে ।
মঙকতা থৌরি থুরবা শামোক্না
মশাবু পুন্নি কাওজবা মীকুপ্তা
হুংঙায়বা রাপলদা কোয়মা চেনজববু
ফাখিবগুম থৌরিনা ফাবীনে ঐবু
হেন্দোকপা ওমজবা কল্লবা থৌরিনা
পুন্নমইনে ঐবু কৈদনো খঙদ
অহুবু লেপ্লেনে ঐগী থম্মোয়সে
মরম অমত্তা নিংশিংবা লৈতনা
নংগী নতুংদা হুন্মক ঊন্নিংই
নংবু রাখলদা ননাকতা লৈনিংই
নংবু ফংজরবদা নিংথৈ থম্মোয়না



সংসার পুম্বা খঙ্লা তৌদনা
হুক্নুনা লৈরমইনে রাখল ঈরোলশুং — ।
অনুবা মতমদদি —
পাপ করিনো ? লংজবা করিনো ?
ইরাল অমত্তু ঈপাপ অমত্তু
ঐগী থম্মোয়শুং থিবা ফংজদে
ইরাল অমত্তা পকলমদে থম্মোয়দি
অশেংবা থম্মোয় নিংজ রাখলনা
থন্না লৈরমই থন্না অস্তুম
অসুবা শক্তমসি উঁরমগনি নংসু
য়াদবা লৈরমলোয় মহাকী মফমদা ।
অহুম গুইনমক ইরাল শিরীবা
মীয়ামগী খোল্লাওদি মখোয়গী ময়ালনা
য়োম্বা থম্মোয়না পামজনা শেমজবা
ওইজবা থিবা ময়াখলমা লানবনি
ঐগী থম্মোয়দি অচুম্বনা থজি
মীওইবা ঐগী রাখল অসিমা
ঐসু নখোয়গুম লানবা তায়রবা
মসু থম্মোয়গী ময়ালদি নত্তে
ময়ালসু ওইগনি পুন্সিগী ময়াল
লানগল্লবা পুন্সি ঐগী মাগী ।

## ॥ ৩৪ ॥

## লেংঙ্গে মৈচাক কোক্লে মৈশা

(১)

লেংঙ্গে মৈচাক কোক্লে মৈশা
হোংঙ্গে শক্তম চৈনাখোল ওয়
অমম অঙান নোংলৈ থুংশিং
শাগৎপা শিদোকপা অহোংবা কয়াদা ॥

নোংমনা লাকই নোংজু পুহনা
নমখায়রৈ উণ্ডুনা অশাওবা শক্তম
কল্লবা পঙাও পল্লোন লাম্না
অঙাওবা ইচেলনা চেম্থি লৈজব্য ॥

লৈচিল নোংফায় থাংলবা নিংথম
পুন্নকই উল্লেন ইংলবা মালংনা
থোরক্লনা কোয়ৌ পিন্নখি মৈশা
মাংহনখি অন্নাবা পিন্নখি অশোনবা ॥

নহাকী বসন্ত ওইন্নলি নাকেম্থা
নহাকী লৈনম য়েক্লবনি ঙাক্লখি
ভায়বঙ পুম্বনা চিগ্লোল তৌন্নখি
নংনদি থৌশাদে চান্নবী মাল্লেম ॥

(২)

তারবন্ত ফবাক্ত অগোর শাখিবী
মীকুপ খুদিং ফিজোল হোংহনা
অরা মুংওার কপ্পা নোকপা
মথল মচুশী মৈথু মরক্তা
মাংথিবা লৈত্রবী নংগী শক্তম
ইপক্ত পকলবী নংগীদমক করম্না
কপলোয় কনানা কাওরোম্র চৈনাখোল
হায়রোম্র কন্নিগী নংতমি নংভা ॥

নিংথিবী নংবু থম্মোয় খুদিংনা
উবা ফংদবনা থওবা ওমত্রম্র
অশেংবা নংগী চুম্নবা শক্তমচু
চিকচবী নভৌচু লেপ্পা লৈতনা
ওইরিবনি ফিদম তমজনকম অমদি,
মতম খুদিংগী থরায় কম্নানা ॥

মথোয়গী রাখলদা লাপথোক্তে নিংহনা
চংথিবা তারম্নু নংগী মায়োক্তা
মথোয়গী পুক্তুংদি মথোয়গী থোঙথাংদি
নংগী নকাদনি নংগী পোইরৈদনি
হিংজিনৈজেন্দস্র শিম্নবদস্থু
নংলি চংজকম অংতনি মিভাম্নম

হুংশিবা নংগীনি চুরুপ নংগীনি
আমুক্ক নংগীনি খুদিংমক্ক নংগীনি ।
নংমা শক্তমনি নংমা শাক্তিনি
থৌজালগী মঙালনি লম্মুকরবা পুন্সিগী
লম্বী পিখিবা লমজিং মৈরানি
চংজক্কী ওইরিবা ইংলবা থম্মোয়নি ।

(৩)

অমনিবা খোঙচংসি হলবা নৈজনা
হন্না হন্না লম্মাংনরকাও
কংঙমক্কবা নংগী মমল' লম্বীসিদা
মীকুপকী ওইবা মঙাল অমনা
ভঙনা য়াথলবু চৎনিংবা পোকহনি
নংবু উথিরা মায়কৈক্কতা ভম।।

নংবু চেংনা নিংজবা কয়া
মথোয় কয়াম্থু অরাবা থঙনা
মরিক চুমবা নংগী কুম্মৈগী'
থম্মোয়তনা আমুত থকপদা
অমুকহু ওইনে মাংলয়েমলা থৌনা
মথোয় মথোয়গী মিরাংলিবা থম্মোয়দা
পীবীয়নওম' কাওইনে থৌজালগী মপু ।

লোঝা লৈমাইরাইহনবা থৌরাংগী মাইকৈ
মথোয়গী থংগোয়না তাবা উরবা
মাংখি অহুম থম্বোয়গী। অমম্বাং
চিংনা কোনাম লৈতাবা কপা
কোকখি অহুম ভর্মা ভরা।

(৪)

কাওবা নত্তে অপেনবা থম্মোয়বা
কংদবা নত্তে নংগী থৌজাল
লৈতবগি ঐগী খাংহৈবা উতিক-
শোয়বা পুক্লি পাংবরা থৌনায়া
নখুয়া নবা চংজবা ওমদবগি
চিংনবা লৈতনা কৌবীয়বস্থ নকাদা।

মাহৈ অমম্ভংনা মিংলেনস্থু শোনবস্থু
অপেনবা লৈত্তে থঙ্গুস্থ ওম্বে
লেপ্তনা নিংলবস্থ পংলবা ঐগী
নংগী থৌজালনা খুমহৎলবা থম্মোয়না
নিংজবগী অয়োয়বদা কৌকম থঙ্গদনা
কৌজেনে নংবু "চানবী হৈরা"। ।

(৫)

মীৎয়েংদা উমে মোঙ্গোনা মীমোকপ
লেগুনা শন্দোক্লিবা মীমোকী ইংপোম

অতিয়া.মচেম অক-পা মোমল
 লৈতক্রে.কাওনবা অনৌবা শৈশক
লোকচরে ইমা, মহৌশা লাইরেম্বী
তায়বঙ পুম্বা অনৌবা তাক্কাদা
পুকচেল তিংনা শাগৎনখ্রে লগোয়
লেপথিনি খঙনবগুম নংগী তাম্বা ॥

তায়বঙ মপু মপুং ফাবা
য়াওজবস্থ ওমদে চাওরবা কুমৈসি
মীকুপকি ওইবা কুমৈনি খল্লুনা
য়েংদবস্থ ওমদে ভোল্লবগী মীৎসিনা
উত্রবস্থ লৈতাদে য়েংলয়োই খম্না ॥

মতম খুদিংগী রাখলদি লেপ্তে
অমম্বা কোক্সায়দা মীৎয়েং তারস্থ
অরাবা মমিনা কুপলরস্থ থম্মোয়বু
অমম অঙান থৌদাং চৈরাক
অনি পুন্না তত্তনা পীবিরিবা
কোকচৈ অরাবা মীনোক্কু উরগা
কংজৈ লম্বী মমলবা তায়বঙদা
হোংবা লৈত্রবা মতিক নঙাক্লুনা
মখল মখাগী নামীবা চৈথেংনা
লমহেনবা থম্মোয়বু লম্বী তাকপিবা

নকাওবু পন্থুংওই নিংজবা থরায়বু
পিনৌ ফংজবা অয়োম-য়াহিপকম
নংগী ভম্পাক্তা মতম পুম্বগী
নংগী শেংলবা অন্না মুংঙায়গী
তান্নবও লিলাদা উওমত্রবা কন্না
অথাকপা লৈতনা উনিংবসি ফংনবা ॥

(৬)

চৎলিবা খোঙচৎসি নংবু থিবনি
লোম্বা লৈতবা নংগী লম্বীদা
নংগী অয়েপ্পা লৈফম খঙদনা
ফংগনি হ'যবা থাজবা য়াথলদা চোকথবা কন্না
অন্নাবা খাংনা পোথাবা ফংদনা মীকুপ্পুং পনঙমদ
নকা তমলিবা পুন্সি ঈচেলদা অকনবা ঈরৈনা
অয়েৎপা পীহনা লাকশিনগে তেমশিংবা য়াজরি মায়রোং
পুন্সিগী লমজিং পীনরিবা মঙাল তোল্লবগী মৈরা
কন্না কুইনবু থিজবা ওমথিনি পাংত্রবা পুন্সিনা
মমলবা ঈপাকথক কন্নম লেপকনি নংগী মায়কৈ
পীনৌ মঙাল পীনৌ থরায় পীনৌ থৌনা
পীনৌ থৌজাল, থৌজাল হৈবা অমম্বদা ঐবু
প্যাংহনবীয়ু ইমীৎসি হন্না হন্না অয়েম্বা তানবা ॥

(৭)

লংজরুবা ইয়ালগী ইশানা ইশাবু
ভাকপীবা ওমশ্রীকলা ঃ

হায়জরুবা কয়াদা মধীয়িবা পজৌঁবা
—— মসিদস্থু পেলবা কাওয়বা থম্মোয়না,
নিজবদা থয়দং পীবীস্থবা হেল্লোকনা
—— মসিদস্থু লৌজবা ওমত্রবা থম্মোয়না
ইয়াল কয়া কোকপিস্থু চংজবা
—— ইয়াল অমত্তা লৈত্তে ভাকপিবা
উজবডং ফংলবদি য়াক্তফয়নি নিংলগে
থম্মুনা লাকচবা মংগী মকাদা
জায়া ঐবু ভকপীয়বা নহাক্কা
— মসিলস্থু পেনবা ওমদবা থম্মোয়
করদা ইবালনো মৈচাকতা পইবা
অম্নিং অশা থায়বা লৈতবা ।

## ॥ ৩৫ ॥

## "ইপাউ অমা"

( ১ )

লোম্হোকতবা থম্মোয়গী পিক্লবা লাইয়ুমদা তত্তনা য়েকথিবা
ঐগী নংগী পুন্সিগী অহৌবা হৌশ্রবা কয়াদো
অমমমতা ওইনা অউবা উদবা কোংওমদবা ঈথিল
চুশিনবা ওমস্রবা শক্তম কয়াদো য়েক্লগে ওসিদি
অরাংবদগী অচিকপা মঙালদগী অমম্বা থাশিদগী পুর্ণিমা
ঈথক্তগী ঈপোম, পাক্লবা মালেমসে ওইরগে চেবাং

লাইয়েক্লবা ফিজং চন্দবা লৈত্রবা শক্তম ওম্না ॥
ঐনা পাম্বত্থ য়েকপা নত্তে ঐনা পামজবা
নংনা পাম্বত্থনি য়েক্কে খনবা ঐনা নংগী
হায়রো হৌরগে য়েক্লগে অপাম্বা অনিংবা শক্তমদো
করম্বা মচুনা হান্না থাগনি লাইয়ুমসিদা হৌজিক,
হেক হেক অহৌবদা ঈশিংগী মচুনা অমুক্তং য়েক্কে
মচু অতৈনা চুত্রিঙৈ শেমদোক্কে চাননবা নরাখল
হায়য়ু পেন্দবা ইথুংপু ফাক্তনা লেপহন্নু য়েক্লিবা ॥

অতিয়াগী শক্তমসে হায়া য়েক্কে নংনা খাঙিদৈ
অমকপা নত্রগা মকা লাম্বা কয়বা শক্তমনো
হায়য়ু অসুম মথং মথং ঐনা য়েকলিদৈ
মীংয়েং কয়াবু অথিংবা পিয়িবা য়াংল য়াংলবা
চংনবী পনলোন চাংলোন পয়েংশিং লৈহনগে তায়
নেম্না উনবা অনিয়াগী মখোংদা লৈরি খঙদনা
মখোয়না করি পামজবা ওমনি পামত্রবদা নংনা ॥

ঐনা নংগী নংনা ঐগী পোয়রৈবু য়েংবদা
মায়কৈ হেক লেপনিংঙাই ওইবা লম্বী তাকপা
অয়াংবা পামেলসি হৌহনগে অসুম্মক খেংহনগে নোংমদোল
সুনদা পাইবা অতিয়াগী চেক্লা চেক্লা পুংথাগী
ওইসনু ওায়নফম মাগী মশা মশা ময়েংদা
ওইসনু য়ায়েকফম থাজবু ওায়জবা নোংইন কথাগী
চিকনা ইংনা তাইবঙ কনাগী মীনোক য়াওদ॥

নিংশিংলকপা মতমদা নহাক্লা খোয়য়াংনা য়েংউ মহাকপু
সংবানয় অতিয়াগী শমক্র ওইনা ঐগী থয়ায়গী চেক্লা চানা
অতিয়া খেংলিবা উশাশিংগী য়াংমদা উগনি পাইবা
কুমলেম-লিয়বা উনা কয়ানা ওন্না ওন্না পাইবা ওইগনি
নিংথম কুংশিংকি অইংবা শছমদা নাকেন্থানি তাকচুনা
য়েংলকউকো নংনা চিংনবা য়াওদনা য়াথল তৌচুনা
অঙৌবা নোংচুনা মশা য়াংনা তাওচুনা চংপচু ॥

কান্না ঙৈচাঙ্গী-চৈনাখোল খাঙ্বদা তুকখৎবী নংডোন্না
পোল্লবী শক্তম্না অশাংবা মতমদা য়েংহনা লেল্লুকো
অতিবাদ্ য়েংবসি অল্লাবগী মশকনি লৌনম্না থল্লবা
থলহৈদবা রাখলনা ওংলবা তত্তনা অহাংবা রাখলদা
অতিয়ানা অস্সম হাংহনা লৈরবা অতিয়াগী অতিয়া
লৈঙ্গবা নংগী অয়ুকী ইনফি নিংথমগা চুনবা —
লৈচিলনা থল্লুকো—নহাকী রাখলনা মকা লামত্রিফাও।

অমুকস্ত শংহনসি লৈচিলগী যুথলহু কোরৌগী মশেল্লা
সনাগী মচু, ভালহনসি অতুকী পিরাংনা শিল্লিঙৈ
অঙনবা অয়ুকী লিক্লানা চোল্লবা লৈকা লৈকদা
থোকহনসি হুমীৎনা তগুপ তগুপ নপচ ভাংজনা—
শিল্লোন শিনজিন হুমহনগে নামিবা তপ্পা তপ্পা
পুহনখিগে হৈনিংদবা লাকহনগে পুহনা শৈল্লোল কয়া
চেৎশন্নুকো লৈপুন কাযন রাখলদা তাম্ন তাম্নগা ॥

লৈচিলগী মপৈনা শিল্লম্বা অতিবা কোরৌগী মঙালনা
তরংননা ঙাল্লকপা মায়কৈ পুম্বা অনৌবা শৈশক্তা
লমদম্নম্বা চেক্লাশিং তেনবা শঙ্গুনা তোংহল্লগে শক্নুনা
নহাকী কংদ্রিবা শেংনা চাম্লবা অয়ুকী লিক্লানা
মরু লুল্লবা পামেল কয়াদা রাতোন রাতোন্দা
শঙ্গু শঙ্গু শকহনগে ঈশৈ লাক্কদৌরিবা বসন্তগী
অনৌবা কুম্মেদা অম্নিবা মরূপ্ম নিংশিংবীয়ু হায়না ॥

শাখল শাখলনা পাংকি ঈচাও তমলিবা উরোকশিং
পায়হনগে অতিয়াদা পয়েং পয়েং তপ্পা তপ্পা—
নংগী লায়র খাওপোক্কী মাওদা তুমিন্ন চিন্না—
নহাক্কী নত্তোদা উংকদে খওন হেগানবা মত্তৌ—
মবুক পুন্নবী উরোক অমোমনা তুংইনবা ন্নারহুনা
নাইতোম তাহৌনি কিজবনা মন্নাখল মশাবী কনাবু
ডাঁয়বিনবা কৌজবা অচিকপহু কায়রবন্থ ভাকপীমুকো মাবুদি।

লৈকোল ওইহনগে পুক্লিংবু শুমহৎপা অরাংপা লৈতবা
লায়র খাওপোক্ত নংনা লৈবদা খন্নুকো কোন্থংনি
নহাক্কা লৈরিবা মকমহু নওগীদি পোক্লকম লমদমনি
লৌগন্থ মীরমগুম খনগন্থ পুক্লিহু পোনগী চেক্লাগুম
পোওকমদনা পোক্লকপা ফংগুমদনা কংলবা নিংথিরবী হুকচাংহু
অন্নাবগী পীরাংতম্না চামগে নিংহুনা তাইওন্নবা ন্নাখলদা
মীংকি পীরাং শিনথগন্থুকো চান্নবী থৌওইদবা উস্তুনা ॥

পুক্লিগী অয়ুকতা কায়রবা আলাগী মুংশি লম্বীহু
তুংওইননা য়েক্কে লায়র খাংপোক্কী মমাংদদি থম্মলন্নোই
অয়ুকী মথংদা ওইন্নোইদৌবা ন্নাখলগী চীংহু লৈহৎশি
অয়ুক্কী কোরৌনা কোকতোন লোমগ্রবা য়েংলুন্নহু কোয়োবু
চায়থন্নবা মগুল পুহুনা চংহনখো চীংহুগী মন্নামদা
ঐগী নংগী মাংদা শল্লিবা মপান নায়ত্রবা—
অহাংবা ঈপাক্তি ওইথোকলোয় মমহনবা মাগুম্বা চীংনা ॥

য়েংঙু 'ভুয়ৰা লংলবা ঈয়াঘদা মপান য়ায়কৰা—
পাক্লবা অভিয়াগী অঙৌবা নোংছুমশিংনা ভনিক ভনিক
লোত্তুনা লৈরিবা শিনি হায়বা লেপঙমদ মতা—
অহৰু লেপ্তনা ছুমলিবা মালংনা পুরকলি ঈপোম—
নকা তমনা তপ্পা তপ্পা নিংজবা উত্তুনা
লেপ্তনা তমলরি নপাও কয়া নংগী খঙ্গোয়দা
অচপ্পা উত্তুনা হিংলি তায়বঙনা নংগী নভৌদা ॥
খাংপোক্কী তুংওইনবা মুংশি লম্বীদা য়েংগে খজবা
খোয়দাবা কনাবু লাকপরা হায়না উথিদে কনাম্ব
য়েংবা য়াদনবা অমম্বা চেক্কী চৎনবী পল্লোম
খারম্মী চেকশিন্না— অহোবা য়াওদ মীৎকি চংজকম
মীৎকি লৈজবা মথৌনা পুম্বা তাখি অয়েম্বা—
চানবী হৈতে নোংদম্বা চৈত্থনা লেঞ্জখি মুমীৎতুগী অহিংদো
য়াহিপখি তুমিন্ন চাদ থকত করিস্থ মীকুপতম্থ তুমদনা ॥

(২)

নিংজরুবা পুক্লিংগী ইরাখল কোঙ্গায়সে পক্কবতা ওইহ্না
মঙলানগুম পুক্তিনা চিকশিন্না হিংলিবসে লোম্মোকতবা মীগুম
কনাদা করিবু পাওদয়না হংলুনি খঙদবা শাহ্না
অমংবা নোংগী অমম্বা মমিনা ঐহাকপু থোওইদ
ইরাখল লৈবুংসে ছাক্‌ইওই কুপ্পগা তায় উম্নিবা—
মাংগী চীংজাওসে মোংশোংনা থল্লবা কোক্সা উরিবা-
মঙালনা থৌগলওই য়াংই মতা লেপলিবা করম্বা মভৌমো ॥

মপানথোংগী মীৎয়েংনা উরিবা শকমলে নম্বোক্না অশেংবা
শাহিং চাথা শাবুক কয়াবু কনবীবতা থংলবা
মমল লৌহনা তমথিবা য়োকলিবা পামেল উজাও
উজাও কোঙ্গায়না কুপশিন খুমজিন অশুকপতা মায়য়োক্না
মঙাল হায়বদো ফংজদ রানা কুমজা কুমজা কুমলেরবা
নিংশিংদ অস্নম মাঙদ উরিবা লৌনম শক্তমসিবু
কয়মা হেক্তা অশেংবনি লৌহনা উৎলুনি নফমদা ॥

(৩)

ওম্মোক্না থেঙনা থাজবগী রাংমদা ফাওরকই কৈদৈ
অস্নুক কুইবা থিবতা থংলুবা ইহাংত হাংথিবা
লাইরবা খম্মোয়সে লৈজদবনা মাগী মাগীনি কনা
কয়াদা শাংলবা থাওন কুমওন কুমজা কয়া
লমকৈনবা লমচত্তা লম্মুকনহনা পুন্সি কোমওমরবা মচুনা
মকহনলকওৈ অরঙবা থৌনাগী মঙলদো চিংন কোঙ্গায়না
কনানো ঐহাক্কী পাওন্সিবা মীৎপু হেক হেক খুমলিবা ॥

তায়বঙ কনাগী অরা মুংঙাইবু য়েংনিংদ-উনিংদ
লৈরবা মতমদা নোংদোলদা ওন্দুনা য়েংলুবা
শংবানবা মচুদো উওমদ্রে মিৎসিনা নোংহৌনা শিনগ্রে
ইচু তাদবা কয়স্বা নোংহৌনো লৌনমগে তেমশিংবা
মহৌশাগী নিংথিবা কজবা কোঙ্গায়বু খুমজিনগে থক্সিবা
নহাকমক লৈরমত্রবা নহাক্কী রাংমদা লোৎলিবা শক্তমদো
উওমদে হায়বগী উমশিরমলোই ইমীৎনা নিংওমদ' রাখলদা ॥

শেরাম্নবা রাখলনা পুখিনবা হোৎনৈ পুক্লিংগী অচিকপা
অরাবা ঈশৈ শক্তুনা লাকই ঐবু শুমহৎপা
মাগী খোঞ্জেলনা হিকলবা খোম্বোক্তা ক্লংশুক্লনা তমই
মীকুপ মীকুপকী থোক্ল থোক্লবা অকিবা উত্তুমা
চিয়োল য়াওব্রবা শক্তম কয়াদো নিংশিংলুটে তারকথি
সনাগী ফিশাং তাবকপগুম নোংদোলদগী কৈদনো থঙদ
লমথুং লৈতবা অমম্বা অতিয়াদা পুখি মীৎয়েং ॥

মহৌশাগী ওইবা মালংগী শহুমনা থোম্না হুমহুনা
তৎলবা স্নরদো শমথি অমুক হিক্লা হিক্লা
লোইবা ন ইদনা থম্মে য়দা ভাংখি শুমহৎপা থোম্বাং
চাম চামনা ওইহনথি ইফমদা নাইতোম তাবা
ফাওহনথি থম্মোয়দা কায়ন শৈশক লাক্লরোইদবা কনাগী
পাওথুম ফংলরোইদবা রাহং কয়া অরেম্বদা হংখি
ইকাদা তশেংনা ওমলকখি ফুম্বংনা থাংজমদা তুমিল্লা ॥

অম্নম্ন হেক্তক শৈদমলকটে থম্মো'য়না লাকই নংনা
কৈদৈনো খঙহৌদ যমলৈ নাক্তা পাওদমলৈ মীৎয়েংনা
হায়নিংবা কোঙ্গায়হু উববগুম ওয়মক ফাওরবগুম নথম্মোয়দা
ইরাখল শক্তমসে লোম্বোক্তবী নহাকম্নু নশাবু কাওহুনা ॥

চুম্ব চুপ্লোইবনা অমুবী লোংহৌনা কন্নিগী থুধক্লিনা
মালেমসিগী ককবা মরাং মরাং শকচানহনবা মীশুম
অচেৎবা ভাবহনা চোংহনগে থনবগা ভারবত কনাগী
লৌনমদা শাওহনা লমন থুমগে নিংহনা শকথেংনগে ভাইবগা
শকতাকই ওসিদি চিংনৈ নতৌসে লোংকহু ইকমদা ॥

মতম ককনা মফম'মদা শকউনসি শরিথিবী কনাগুম্বী-শানৌনা
থম্মোয়নুংদা লাংতক্ত লাইখন তাবা মীয়েংনা মথৌ চিনবা শাহনা
ইকায়থিবী মতৌনা নক্লা য়েংবা শারগা তায় তায় য়েংহনা
মথরায়না তাবা কনাবু খোঙথাং তপনা ঙায়না ঙায়না
ঙাইহাক্তং চংলম্বা মায়থোংমকনা খোয়শাওবা উংনা
হায়ৌগে খনবা মুস্কাগী থম্মোয়বু নোকহনবা ওম্বা
মাগুম্বা মানজ কনাবু ঙাযবরা পাংদম্মু ঐঙোন্দা ॥

কিস্তগদৌরবা নোংগী অমংধা শক্তমদো মায়থোংহন্দা মমি
তানা তানা অত্তক চানবীবা মীৎয়েংনা ঐবু
ঐবু য়েংবীবা তারবা নংন নহাক্কী অরাবা
পোৎলুমহু থরদং শরুক য়ানিংবা শরুক য়াহল্লু
নজ্রবদি ইমাংদা শিল্লগহু নংনা মঙালবু কুপ্পুনা
অঙনবা অমুক্কী তরুবা শক্তমসে মকহনবীবা চুমদে
চুমদবমক্তি মহু ইকমদা ওইগনি অচৌবা লৌনম ॥

বসন্ত হায়বন্থ ওইহল্লু চুম্নভা অঙ্কী মতিক
না'কেম্বা অমূক লাকপা য়াওন নৌরিবী মকাদা
লৈকা লৈকা শাৎহল্লু কন্না লৈরাংশিং ওয়া
মথোয়গী লৈনম্না হায়বা মালংনা করিগী ছমলুনি
থোয়শাওবা য়াখলদা মোংলে ওক্সুনা কনাগী থম্মোয়দা
ঈথক হৌরিবা থম্মোয়গী ঈপাকসে ঈচেল নায়হল্লু
চেম্বকম পীঙ্গনা কনাদা করি অয়েৎপা ওইগনি ।

(৪)

ওইরয়োই খঙলবস্থ কোরৌহনবা ভমজদে মীকুপ্তং পন্দবা
ঈপান লাংনা শাৎলম্বা উরগা থম্বালনা ঈয়ায়দা
লৈকাগী কুয়োমনা চেৎনা খুমখিবী থম্বাল লৈরিকপু
অমুক্তং উনিংনা কনাদা করি য়েৎচবা তৌদনা—
লোম্না লোম্না ইরোলম্নুংদা লুমঙ্গনা লোৎচরকপা কোয়ৌ
থম্বালগী কোকতোন মপা লোমলকলে মরাখলদা নিংলকপা
থম্বাল মানা খঙপ্রবনি হায়না মথম্মোয়দা হকনা ।

মগুংলাংগী কুগায়না শাৎচবী থম্বাল মুমীৎনা কোকতোন
লোম্মকপ। ভায়ঙ্গনা মায়থোং মায়থোং নিংথিবা উত্তুনা
শকয়েংনজগে তেমশিংববু চানবীহৈতবা করম্বা
মালংগী শহুয়ো ইকায়থিবী লৈরাংগী পুক্রিংদা হুওইনা
থোয়বু হুমলিবা শিংঙেল মাবু ভমহন্দবা করিগী
থোঙফম চুম্না থোঙলেপচবা ভাক্তম্ব — — ।

(৫)

শক্লায়বা ওইবসি অরাবগী মশক্লি কব্রিগুম্বা মতমদা
মীপুম থুদিংনা মতম চুপ্পদা মাবৃত্তা য়েংবনা
ঈথিল কয়া থম্মোয়দ কাওরকপা লোংপা ওম্বতায়
অম্বম্বা নোংমা নোংমা কয়ানি কোয়ৌ মকাদা
লোয়া থুপনা মৈরি মৈচাক্ল নোংচুপ চীংজাও
মরুমদা লোংখিবা ভাইওমদ ভায়থ্রবা অয়োয়বা পুঙ্জা
হুমিদাংরাই মতমদা ভাও্ৰায়রবা সনাগী ফিজোনবু হন্দোকলম
কোয়ৌ য়াত্তাখি অপুনবা রাখলগা অমম্বা অহিংদা ॥

নিংবা কায়রবা কোয়ৌগী মতৌদা নোংহো পয়েংনা
পাওবুনায় ওইনা মালেম শিন্না কোয়না য়েংহনা
নোংজাবীগী শক্তমলৌ কোয়ৌগী নিংওমদ মপাওবু পুহনা
ভাও্ৰান ফিজোল লৈতেংলবা ঈয়ায়দা নিংব কায়না
নায়তোম শাংলিবী কোয়ৌ কায়না মৈচাক থাংলিবী
ঈয়ায়থকী উমশিল্লবী থম্বালবু উরুবা খোমজিনখি তপ্পা
সনা ফিগে তপ্পা তপ্পা তিনখি অমম্বদা—
মঙাল পুম্বা উপাল রাপাল মমনা মমনা ॥

লোম্বোকতবী,

ইকায়খিগনবী শানৌশিংগী ফোংওমদবা য়াথলসে
থম্মোয় থম্মোয়দা হকনা লুমনা ফুমহৎনা লৈরিবৈ
অরাবা মমি মায়থোংদা উবসে করিবু হায়সিগে
পাওদম্ জবা শানৌথোয় কয়াম লুপ্ব অরাবাপোৎলুমনো
নিংবা কায়ব মীনোক্কী পাওখুম্না পাওখুমগে নিংগম্নু
অশেংবা থম্মোয়গী নিংজবা কয়াদো তম্ জবা ইকাদা
লোয়নায়জবা মুংশিগী য়ারী কয়াহু পাওখোল্লোয় ওইনা
মালংবা ঐনা পুহনা তমলুগে নাপ্ল চিক্ল ॥

লোইরব।